# কচ্চবা

হে থরাই
নমু পোং ওইনা পোক্লম্বা
খুত্তা খোর্জে শাইদুনা
অমুবা কালি লুপতুনা
চেবাংথক্তা শৈশক্লম্বা
লাইরম্মেন্দবু লৈরবত
তাইবঙ মপোক্তা পোক্লবত
খুংই 'মুংদা য়াওরম্বা
"কেগে হায়রেপ্পা ঙাঙোই লৈশেম্বা"
কোলোই মিংলেন থোন্দুনা
কচ্চবি শৈদমজবা লৈমাংশে।
মতং মতং তংলবা
ফজবা শক্তম য়াওত্রবা
মুংশিবা লৈনম চেন্ত্রবা
ইমা লৈবাকী পুঃ মারি
হে থরাই
নংনা সিদয়াই নাদয়াই ওইদুনা
থরাই মিয়েন হাপ্পিয়ো;
অয়োম্বা নঙ্গী মিংলেনবু
মালেমসিদা থগুহন্নবা শকচগে ॥

লেংজম

# অশৈবগী খোৰ্জৈদগী

হৃয়ি হায়াহে হে খোয়ম লাইয়িংথৌ
চিঙ্গু মরা লিচত্তা মপাল উনাইদবা
থিৱেল উংলৈন্নুঙদগী লাবা থায়াং মখৌথোক্না লমহৌরকপা
চিঙ্গু নংগী মতেংহে খোয়ম নংগী নশালওন
ভূমুং লংথোকতরেং মরৈগুম ভেথং লেথা নাইদবা
পামেল কেক্রু মরুগুম কমেং থাংযোনবা
চিঙ্গু নভিক অচৌবা খোয়ম নওল অহকপবু
চিঙ্গু কনানা শালখংদা খোয়ম কনানা শালকেংবাং গুমদববু
সমু খুকাং তারামক্না পুরুম্না ইজরকে।

লাহায়োং হয়িগৈ হয়িথুমুং লাংবা চকভৈদি
কোয়ৌ য়াংবম্নু অম্নুপ য়াংগুমদে
মালেম অনেম্বম্নু মদোম ৱাংলমএ
য়াওরৈম্নুং চিথিৱৈ খুংথাম নাউথিরম্মে
মুমিং. থা. খৌবালপিচাক. খোংজমু বি ওকপুয়োই.
ভাউজুইরেং. মমুমমৌ শিত্তাক সিত্তয়রম্মে।

লাহায়োং হয়িগৈ হয়িথুমুং লাংবা চকভৈদা
ময়ুম কেগেনা য়া হাইনা মোইরাংনা ভেংথনাবদি
য়োইমায়াই মালেম অঙালবা হাইনা ভেংথানৈ
থাবুদি লাইদাম থাজা পাথংবা ও হাইনা য়াহাইনরম্মে
মোভিয়া; কম্বালচানা নিংথৌ কাংবা কাংথল লৈমাতাম্বুনা পালম্মে
লৈকু য়ুম য়োংচৈ লৈয়াই সং য়োইনরয়ে
এলুম নাউশোম্না খাগা থা
এলুম শোকভোংবা অমানা থক্না খোংনা পালম্মে ॥

# FOREWORD

Dr. M. Kirti Singh,
M. A., LL. B. PH. D.,
Post - Doctoral Research
Scholar (Ranchi University)
15/9/83

I am appreciative of the honour bestowed on me when my intimate friend Th. Tuteswar Singh asked me to write a foreword to his enterprising book, namely, **KEGE HAREPPA NGANGOI LEISEMBA** ( creator of Kege/Ngangoi which means ancient Moirang ), a valuables account of the people of the Moirang. I have accepted his suggestion in the humble expectation that with the valued co-operation of the general people I should express a few words for the future research scholars of Mother Manipur.

The concept of history has now undergone radical changes. It is no longer confined to the Pre-eminent dynasties of the rulers as it has embraced all available records connected with the the life and culture of a particular people or country . A comprehensive history of a country can hardly be coustructed without co-ordinating and reviewing the regional materials by the research scholars in accordance with this new concept.

Manipur is rich in the heritage of compiling historical records which are first written in Meitei script and subsequently in both Meitei and Bengali scripts in Manipuri languages. All official transactions were recorded in the chronicles such as Cheitharol kumbaba, Ningthourol Lambuba, Kangleirols, Vijay Panchalis, etc. The scope of historical literature was not confind to the rulers of Ningthouja/Meitei clan : it extended to the

rulers of 7/10 **Yek salais** ( clans of principalities ) comprising the so-called Meiteis as well as with the hill tribes with which the people of the valley had some sort of contracts and interactions. Besides the larger books small accounts containing the annals of the Pibas ( chief of clans ), Genealogies of fimilies/surnames, migrations of different groups ( **Khunthoklons** ) of the people etc. were written by the people in different historical periods. Under these, come the chronicles of the Moirangs ( as also of other clans ).

The Moirangs ( original people of Kege Moirang ) have a pretty long history of millions of years since the creation of the universe by Lord Thangjing. The preasent compilation is named after the epithet of God Thangjing for our author holds that He is the presiding spirit of the history throughout. The tendency to accept such sources as the reign of Lord Khoriphaba and his descendents from 7857-6857 B C. and the first-seven Kings as semi-divine figures from 288 B. C. to 11 A. D. ( PP. 1-6 ) is more or less universal and is to be found in other books of similar nature. However we think that the epigraphy or archaeology may add to our certainty. According to our author the documented history of Moirang commences with the reign of the 8th king, i. e Phang Phang Ponglenhanba in about 11 A. D. The Moirangs as a political and administrative power had been destroyed by the combined forces of the Meiteis the Kabaws during the reign of Moirang king Sanahongba (1399-1434) and it ceased to exist by the time of Khelei Nungnang Telheiba ( 1759-83 ), the 49th king of Moirang. The impact of the Moirangs in the realm of love stories, epics, dances and culture had permeated Manipur and the so-called Meiteis. Like other powers ,it had its ups and downs. It has su-

cceeded in threatening the very continuance of the powerful Ningthouja dynasty at one time.

The present work by my dear friend has been of a high order on account of his verse expressions in summary ( of that has been done during the 2000 years ), comparative chronology, fixing of years for each ruler, astrological approach and aditorial notes. The book is simplified, printed and made available to the loving public through his untiring effort. Contemporary rulers of Moirang have been identified on the basis of comparative chronology. Keen students of Kabaw/Senbi ( part of Burma PP ( 50-51 ), Thongnang ( Tripura or Cachar, PP 66-68 ), the Chakpas ( the scheduled casts people P 72 ) and the neighbouring hill tribes ( PP, 57, 69-70 ) can ill-afford to ignore the references Such a book is of no small measure to the researchers into ancient and mediavel literature and history of Manipur. He has done justice to the rulers of Moirang Principality, who extended their territory by fighting the neighbouring rulers such as the Ningthoujas, the Angoms, the Khumals, the Luwangs, etc. and to whom the historians of Kanglei/Imphal hypnotised by the achievements of their kings and have scarcely been fair. And to the people of Moirang, who tried to preserve their identity he devoted the relevant pages. The present work is however silent on Khelei Nungnang Telheiba's strained relations with his nephew king Bhaghyachandra of Manipur which lead to Burmese invasion in the 18th century. Why these were left out, we must try to explain, in so far as these episodes can be explained from the standpoint of the Meiteis (the enemy of the Moirangs.)

It will be disheartening to note that little notice will be taken of such a work even amo-

ng the historical and literary circles of present Manipuri society. I have made this special observation as I have this bitter experience during my career as a writer/publisher of my books since the last 15 years. However, I wish the lovers of Manipur's old literature and culture will overcome the apathy, commercialising trends and a series of problems through their joint efforts and new experiments.

I, with all my heart, congratulate the beloved author which for many decades have rendered commendable service to the cause of our culture and drama. Let us hope to avail ourselves of all genealogies, annals, records and evidences of all groups, tribes and classes for the construction of a comprehensive regional history of Manipur.

শ্রীখিংবাইজম টুডেশ্বর সিংহনা ফোংবা "কেগে হারেপ্পা ঙাঙোই লৈশেম্বা" কৌবা মোইরাংগী ইতিহাস শৈরেং পাজরে। পোইরৈ মৈতৈ লৈবাক্তা ঘলাই নিংথৌশিংনা পাম্বা মতমদা মোইরাং ঘলাইনা কম্নামুক মতীক মথৌনা লৈনা চৌং লৈবাকশিং, নোংপোক, নোংচুপ, খা, মাং পুম্নমক নিংথৌ কন্নানা মোইরাং ঘলাইদা জিনশিন্দুনা খুম্নাও লৈচাউনা পান্নম্বগে হায়বা উৎলি। মসিদগী হেন্দোক্লুনা ঘলাই নিংথৌশিংবু মাইথিব পীখিবগী মাপু য়াওরী। মোইরাং শৈরেং পাবা মুংঙাই, থোইদোক্লা অপাবগী পুক্কী থৌগৎকনি হায়না নিংই।

৩৭ শুবা নিংথৌ পুরেক্লাই স্নাহোংবগী মতমদদি থারম পাংবদা আইজনগী নিংথৌবু মাইথিবা পীদুনা খুঙ্গং মঙা লোইচনখিবগী মা, অমদি নোংচুপ হারমদা তখেল নিংথৌবু মাইথিবা পীখিবা নোংপোক্কী কবো তুমু, চকপা কাওবা লোই চনখিবগী মাকমত্তু শেংনা পল্লি। পুরেক্লাই স্নাহোংবগী সনা হাক্তক্তা অঙকপা থোদোক ইতিহাসকী মচাক মরু ওইবা মেন্দে নিংথৌগী য়ুমদা নুমিৎকুম মঙান নাইনা ঙাম্বদগী মোইরাং নিংথৌনা মেন্দে চনুবা অমদগী চিঙডু লাইগী শাইওম্বা উনা মেন্দে নিংথৌগী য়ুমগী খাংভবু ওইবদগী ঙাম্বনি হায়বা খংলহুনা মোইরাং কংলাদা হাপকে হায়বগী মেন্দে নিংথৌবগী থুন হৌত্রনা পুরেক্লে লমখাংদা লাইওইবা উ ওইহুনা ভুবী শাগরম তম্না থোরি থদওনা অমুক হন্না মেন্দে নিংথৌগী মকাদা চংখি। মেন্দে নিংথৌগী প্রজা মীয়াম হৌনা হন্নাও মথোই কাত্তনা সবেন চন্নবদগী, চাবা থকপা য়াওরুবা মী থুডিং শিখিবা অত্তুগা মেন্দে খুনগী লুপ্তাবা অমদি চাহৌদববদগী হিংহৌবা, লাইন লাই ওইবা মাগী, মমাংতৈঙদা তাপ্রবত্ত থোইদোক্লা পোইরেরবাক অসি লাইরেম্বি হায়বা তাকই। অমুকত্তু পুরেক্লাইগী মলাইবুঙোশিংনা নিংথৌ খুবম মুম্নকপদগী নিংথৌঙাগী নিংথৌ মখিংডু নিংথৌখাম্বদা হায়রুহনা

লালহৌবদা থোকপা থৌদোক, অমদি মৈদিংগুগী মশানৌ কোইরেম্বদা মোইরাংদা নিংথৌ ওইনা পাল্লুনবা য়াথং কংবদগী মশানৌ কোই-রেম্বমা মোইরাং য়ৌরবকপদদি লাইনিংথৌ মোইরাং লাই সিদবনা খুত্তা খুংগু থং পাইহনা, মোইরাংদা মোইর'ং ইশা নত্তবা কনা অমত্তনা খুবম য়াকদে হায়না তাইবং ওইনা পাউত্তাকপি ।

য়ারি অসিদগী ঐখোয়না খংই, মোইরাং থা জিং লাই অসি অশেংবা লৈশেম নুংশেমগী অরুবা লাইনি । হৌজিকত্ত মৈতৈ প্রজাশিংনা য়াম্না কিনা ইপুধৌগী ইরাৎ পুজা কৎলিবা অসিনি ।

লাইরিক অসিগী থোইদোকপা গুন অমনা সোক, চহি লেপ্পকপা অসিনি। লেপ্পীবা চহি অসি পানখিবা নিংথৌশিংগী পুলিগা চানানা উই । ঐখোয়না অথং অহৈশিংদগী তাখিবা য়াকম হায়বদি মৈতৈ কুমশিং অমা চৎনরম্মী। মতু মোরিয়া কম্বালচাদগী থিবা হৌখি হায়নৈ। হৌজিক মতু কনানস্থু মোইরাং ইতিহাস পুথোকপগুম পুথোকপা ওম্লদ্রি । অতুমকপু চাউরাক্লা চহি ৬০০০ য়োমনি হায়না পানৈ। মোরিয়াগী য়াকমগা শয়না য়াথল তৌরবদি পীরিবা চহি অসি খর মপৈ খেল্লরবস্থু চাউরাকপা অমা লেপ্পদা পুক্লিং থৌ-গৎনিঙ্গাই ওইরে ।

অয়োইবদা মোইরাং, নিংথৌজাগী ইতিহাস ফোংবগুম বলাই অতৈগী ইতিহাসস্থু কোংদোকপা ওম্লবদি মৈতৈগী ভাগ্য বিধাতা লে-প্পদা তেংবাং ওইগনি নিংই ।

উরিপোক দেৱান লৈকাই

তাং ১১ | ৯ | ৮৩ ইং

শ্রীনরেন্দ্র সিংহ থিয়া

চোংথামচা ওাখা ( জয় )
খ্বাই নাগ মপাল, ইম্ফাল
তাং ১৬ । ১১ । ১৯৮৩

অহল-লমনশিংনা থম্বীরম্বা অরিবা লাইরিক-লাইশু পুয়া কয়াবু, ঐগী মুংশিজরবা ইনাও টুংতেশন্না থিজল হুমজিলবিদুনা ফংলকপা অরিববু বঙ্গলী ময়েক্তা ইথোকপিদুনা প্রিন্ত তৌবিবগীদমক হয়াও মুংওাইবা পোকচে।

অশুম্বা ফোংদোকপিরকপা অসিনা হৌবক্লিবা নহারোলশীং অমদি থিজিল হুমজিলনিংবা মীওই কয়াগী লম্বী অমা চাওনা মতেং পাংলাবান ঙায়না হায়জনিংই।

ইনাওনা পুথোকপিরক্লিবা "কেগে হারেপ্পা ওাঙোই লৈশেম্বা" লাইরিক অসি উজক্লবদগী ইশাগী ওইনা ফংবা রাখল্লোলদি কনাগুম্বা পেনা, খোংজোমপ্রব শকপাগুম্বা ওখাশীং অমনা কেগে মোইরাংগী ইতিহাসক ওইবা নিংথৌরোলবু শৈশক্লীংদুনা খোমজিল তাশিলম্বাগী মওং মাল্লি অহংগা রাহৈ রাতাগী মতাংদশু অরি-অনৌ য়াম্মানা ফোংদোক্লকপানা থাঙ্গনগী ওইবা খুনুংলোলগী রাহৈবুশু ইকাই খুম্নাবা লাইরিক অসিগী মশদগী উজবা ফংজৈ অহুগা অমনা অনৌবা মওংগী রাহৈগী বনান অইবগী পামজবা মওংদা মনিং তৌনা ইবী।

লাইরিক অসিগী মনুংদা ঐনা পেঙ্গবদি, খ্বাইনা খঙনরিবা ইরা ( শোক ) পু উংনা অরিবা মোইরাং নিংথৌরোলশিং উৎলকপা অসিদা ইতিহাসিক থিজিল হুমজিল্লিবা মীওইগীদমক্তদি নৈনাবগী থৌরম ছিরমদা ওঙ্খোক্না মমল য়ামপ্রে হায়না লৌজে।

---

ঐগী মুংশিজরবা ইনাও শ্রী খিংবাইজম টুতেশ্বরনা কোংজবা "কেগে হারেপ্পা ভাভোই লৈশেম্বা" কৌবা মোইরাং নিংথৌরোল শৈরেং অসি অরিবা লোলনা মপুং ওইবা শৈহেক শৈদা মরিক চুম্না শেম্লবা সাহিত্যগী ফজরবা মচাক কয়ানা লৈতেংলবা, লম-দমসিগী ইতিহাসকী কান্নরবা সরুক কয়াসু থম্না য়াওরবা মমল য়াম্লবা লাইরিক্নী। লৈবাকসিদা ফেংনগ্রবা মোইরাং নিংথৌরোলগা মরি লৈনবা লাইরিক কয়াদা য়াউদবা মমল যাম্লবা কান্নরবা কয়াসু ল ইরিকসিদা য়াওরি।

ল'ইরিক অসিনা লৈবাকসিগী ইতিহাসপু মপুং ফাহন্নবা চাউরবা মতেং অমা পোইদনা ওইরগনি।

অসিগুম্লবা চহি চা কয়া লৈনুংদা ফুম্বগুম লৈরম্লবা তাংলবা সরুকসিবু মশ'গী ওইজব থাদোক্না হোৎনজহনা পুথোক্রগা লৈবাকনিগী ইতিহাসকীদমক খুদোল চমজরক্লিবাসি য়াম্না থাগংনিঙায়নি।

অইবা ইনাও টু.তশ্বরগী থোজ্জে তুংগীদমক য়াম্না মঙাল চাউনা লৈরি। লৈবাকসিগী সাহিত্যগী অমদি ইতিহাসকী পুকৈদা মহাক্কী নিংথিজরবা মমল য়াম্লবা খু.বাল কয় কচবা ভম্বা তেংবাম্বা মপুনা পিনবিবা ওইসনু।

সৌগাইজম রুহিনীকুমার
সেক্সন ওকিসার ( রেকোর্ড এণ্ড লাইব্রেরী )
মণিপুর সেক্রেটরিয়েৎ
ইম্ফাল, তাং ২৪। ১০। ৮৩ ইং

# ৱাহৌদোক

মৈতৈ লোনগী অরিবা লাইরিকপু অমুক হন্না লেংখোকচনা হাপা তৌরগা মরামগী খুত্তা খুদোল ওমজবা অহানবা লাইরিক্নি। অকোৎবা অমা ওইনা অহুমতুবা লাইরিক্নি।

লাইরিক অসি ঐবু পোকপিরম্বা মৈথিত্রবা ইপা ৺থিবোইজম শিতলচন্দ্র সিংহনা থম্বিরমনি। লাইরিক অসিনা মৈরম্বা শকতম, মপানগী কুরোম অমসুং মনুংগী মওং য়েংলগা মৈদিংগু সার চূড়াচান্দ সিংহ, সি. বি. ই.; কে. সি. অস. আই. গী স্নাহাক্তা ইরম্বা লাই-রিক্নি হায়বা লাইনা থওই। বাঙালি ময়েক্তা য়ায়েংগী মওংদা ইরম্মি। চৈতপ তাওনা শিজিন্নৈ অহুনা ৱাহৈগী থোনথোক অমসুং ৱাহৈ পয়েংগী পল্লেপফম পিবদা য়ানা থোকই। লাইরিক অসিবু মণিপুর সাহিত্যগী লৈকোলদা চলহগনিংহুবা হাপা ভৌহুনা কোংদোক-চগে হায়রহুনা ইথোরকপদা লামায় ২৬ শুরকপা মতমদা মতোমতা শৈরেংগী মওং ওইরক্লে। খুলোন অরিবাগী ঈশৈনা মণিপুরগী মাঙোল খুদিং শজোই খুদিং 'শৈতারম্বা মতমদা পেনাগী তেরাংশৈ ওইনা শরুবা ইরম্বা লাইরিক্নি মওং মাল্লক্লে। লাইরিক অসিদা য়াওরম্বা চৈতপশুমক লাইরিক অসি কোংদোকচবদা শিজিন্নজরে।

অইবগী মমিং থারমদে। মৈইত কুম, মোরিয়া কম্বালচা কুম, কুমশিং য়াচুম্বা, ইংসোক, শকাব্দ, চন্দ্রাব্দ, মণিপুরাব্দ চৈথাবাগী মমিং অমত্তা পিরমদে। য়ায়ে ল্লিবা অওম্বনা য়াত্রবদি মাইচৌগী মথুং ককথিবা অমসুং লাইরিক ইবদা শ্রী হাপতবাগী লৈবাক মমাংদা অরাবা চৈরাক পিথিবা, অইবাশিংগী নিংখাতম্বা ফংজদবা মতমগী ইথিন লৈবনা লাইরিংথৌ থাংচিঙ অমসুং গোমতি মহারানীগী মমাংদা শ্রী হাপ্নমই।

করিম্নু থওজত্রিবা অপওবা ঐগী অহানবা খুথলদদি লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মিংথৌরোলশিংগী সোক হাপতনা লৈবাক থাইগী

মাংলা খংজয়গা ইনা লৈবাক্কী ঐতিহাসপু নৈনবিরিবা অওঙ-অহৈ, লৈবাক্কী অওম-অথৌশিংগী খুত্তা লোক পিবগী মতাংদা লানথোকচগে খজরগনি অহুবু মুংশিরবা মরূপ ডাঃ এম. কীর্ত্তি সিংহনা লোক পিয়ু তাকপিবদগী ঐনা কংজবা লাইরিক খরগী মতুংইন্না ইংলোক অসি ছাপচবনি।

"লৈসেমলোম সকোক অরিবা" ( খুৎই; ৺খিংবাইকম শিতলচন্দ্র সিংহনা বঙ্গালি মরেক্ত তাং ১৬ | ৮ | ১৯৪৭ ইং থাংজ মুমিত্তা ইথো-কপা লোইবা ) লাইরিক অসিগী মতুং ইন্না চিঙঙ্ নোংথৌ সয়ারেনগী মপান্নি খোয়ুম খোইরীকাবানা মশানৌ খোইমুরেমপীবু ভাইরেননা কেকে খুল নিংথৌপু ওইনা পোইরৈ পুন্নমকপু লমচনলমএ. চহি কুমশিং ১০০০ সুনা পান্নমগা মশানৌ খোইমুরেমপীকা অরাং ক্রো নোংকাখিএ। খমনুং লৈমাপাক্কী মপারী থোংঙাইলকাপান থোংলেন রাংকোন লাংতা চেংলৈ নিংথৌ ওইনা থাংভী চেংলৈ নিংথৌ ওইনা মালেম লৈপাক ভারুমএ, পোইরৈ পুন্নমকপু চেংলৈ লমচনমএ, চহি কুমশিং ২০০০ সুনা পান্নমগা মশানৌ কাইনৌরেমপীগা ভাইরেননা অরাং ক্রো নোংকাখিএ ( লাঃ ২৩৯ – ২৪০ )। নমুঃ নোংতা লাইরেন পাখংপানা কঃ সনা মিংলেন কৌনা উমং ৯ মরুক্তা হয়াউ পাওতাইনরপপু চহি কুমশিং ৬০০০ সুনা হৌথিরে; চহি ৮০০ তাপু নভাইরপতা মালেম লৈপাক ভাকপীনাপাপু চিঙঙ্ পুবৈহনপান্নী খোয়ুম মখৌথানা লৈমুং পোইরৈতোনপু মশানৌ লৈমা লৈনাওতা-পীগা ভাইরেননা তাইপঙ নোংসা পাত্তা খুনথোক্লকচেংগী রারম অরামপপু রারি পত্তোন লোয়া থেংথারমরোইএ ( লাঃ ২৫৭ )। পাখংপামুং তাংপংপানপতা চহি কুমশিং ১০০ সুনা কমপাল তোং-লক্লবগা ক্রো নোকাথৌপু লাংলক্রে ( লা ২৮২ )। লাংপা চক্কী চাই কুমশিং লিশিং তরুক্তা চ'নিপাল মমু কোয়াচক্কী চহি চানিপাল

মকপু থাবা চহি সিপিং তরেং চাউরুক স্থনা হৌথিরবগী মতম য়াম্না কুইরক্রে (লা: ২৮৩)। অম্মা লাইরিক্থৌ খোইরিকাবদগী চহি থিথারকপদা মৈদিংঙু নোংদা লাই পাখংবানা ক্রৌ নোংকাথোব্ লাংবদা চহি ৭৬০০ ( ১০০০+২০০০+৩০০০+৮০০+৮০০ ) অসি হৌথরে।

পুরিক্লাই ভাংনিংসিংদগী পুরিক্লাই স্বমুচা কাওবগী পিজরিবা চহি অসিদি ওঝা শ্রীওইনাম ভোগেশ্বর সিংহনা ইবা "নিংথৌরোল শৈরেং" ( অহানবা শরুক ) তা নোংদা লাইগী কুমওনদা মোইরাং পিবা হাপথিবগী মতুংইন্না শেমদ কচরগা মোইরাং নিংথৌ ৭ অসিগী চহি পিজবনি। লাইরিক অসিগী লা: ৬ কী মতুং ইন্না নিংথৌ ৭ অসিদি লাইগী মমুং চল্লি হায়রি। অমরোমদা অমুক লৈখিব্রবা ওঝা লাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ অমস্থং ওঝা শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্র সিংহ, ওঝা অনিনা সম্পাদন তৌবা "চৈথারোল কুম্বাবা"গী লা: ২ গী মতুং ইন্না মৈদিংঙু নোংদা লাইরেন পাখংবাদগী মৈদিংঙু নওথদ্রা কাওবা পোইরৈ নিংথৌ ৭ অসিদি মাংখিবা শিখিবা মকম থংদে; মৈদিংঙু নাওকংবানা নিংথৌ ওইরবা মাসিগী মথৈ মীদা ভারকএ অম্মা হায়রি মরম অসিদগী পুরিক্লাই কাং কাং পোংলেনহন্নানা নিংথৌ ওইবগী চহিগা মৈদিংঙু নাওকংবানা কম্বাল কাবাগী চহিগা নন্নহল্লরে।

পুরিক্লাই কাং কাং পোংলেনহনবগী হৌনা লাইরিক অসিদা মোইরাং নিংথৌশিংনা পাল্লবা চহিগী মতুংইন্না চংথরকপনা পুরিক্লাই পুনসি থুরেনচবা কাওবা চংথজররে।

পুরিক্লাই স্নাহোংবাদগী হৌনা মথাগী নিংথৌশিংনা পাল্লবা চহি পিরমদরে। "চৈথারোল কুম্বাবা"গী লা: ৮গী মতুংইন্না মৈদিংঙু পুনশিবা ( ইং ১৪০৪—১৪৩২ )গী মমাংদা চহি ৫ নিংথৌ পুনমিদে; নিংথৌ পানখিদবা চহি ৫ অসি পুরিক্লাই স্নাহোংবাদা হাপচিল্লরগা পুরিক্লাই

ম্লাহোংবানা নিংথৌ ওইবা চহি পিজবনি। মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বা (ইং ১৪৩২—১৪৬৭) না ফম্বাল কাব়াবা মতুংদা মৈদিংঙু মদাইরেম ৫ গা সেম্বি কবোগা খোংগল শিংলেন লৈপাল খাইনরগা ওল্লকপা চহি, চাউরাক্লা শজিবু থাদা খোংগল শিংলেন লৈরাংনা খুমু হুন লৈরাংনা খদাং শারক্লবা মতমদা মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বাগী লাম্মি তেঙ্গোলগা কবো ভূমুগী লাম্মি তেঙ্গোলগা তেঙ্গোল অনিনা মোইরাংদা লাল তাহনা মোইরাং খুতুম চনখি অহনা পুরিক্লাই ম্লাহোংবানা মোইরাংদা পাল্লম্বা অসি চাউরাক্লা ইং ১৪৩৪ ফাওবা পিজবনি।

মৈদিংঙু নিংথৌখোম্বনা মোইরাং লৌশিল্লবা মতুংদা মোইরাংদা নিংথৌ পান্দবা অসি চহি য়াম্লক্লে হায়না লাইরিক অসিগী লা: ৭৫ দা হায়রিবা অসিগী মতুংইন্না খেলৈপম্বা লৈই লাম্ববাবু মোইরাং নিংথৌ ওইনা হাপখিবসি চাওরাক্লা ইং ১৪৪০ দা পিজবনি। মসিগী মতুং মোইরাং নিংথৌ খরগী চহি পিজরিবা অসিদি "চৈথা-রোল কুম্বাবা"; ওঝা শ্রীয্যর্তিমোই রোইগী "হিসতোরি ওফ মণিপুর"; ওঝা শ্রীলাইশ্রম মঙ্গিসিং অমসুং ওঝা শ্রীলোংজম মনিসিং, ওঝা অনিনা সম্পাদন তৌবা "মণিপুর ইতিহাস মৈতৈপুরান বিজয় পঞ্চালি" লাইরিক খরা অসিগী মতুংইন্না পিজবা চহিনি। চহি পিজবা ওমজক্রিবা মোইরাং নিংথৌ খর অসিগী চহিদি ওঝা-গুরু, অথঙ-অাহ ইবুংঙো ইবেম্মাশিংনা তাকপিরক্লবদি মথংগী খুৎনমদা হাপচগনি।

লাইরিক অসি কোংদোক্লবা হোৎনবদা মথক্তা পজখিবা লাইরিক-শিং অসিগী মথক্তা মঙেং লৌজখিবা লাইরিশিংদি :—

১ মোইরাং নিংথৌরোল লম্বুবা — শ্রী ওইনাম ভোগেশ্বর
(অহানবা শরুক)

২ নিংথৌরোল লম্বুবা — ,, ,, ,,
(অহানবা শরুক)

৩ শাগৈ শলাইরোল — ,, ,, ,,

মণিপুর অসিগী মনুংদা লৈরম্বা মীনা ঙাংন-শরুরম্বা অরিবা লে'লগী রাহৈ-রাতা লাইরিক অসিদা য়াওরম্লিবা পুম্নমক অনৌবা লোলদা হন্দোকুনা পিজবা অপঙবা ঐগী পাম্বৈ লৈজদে অদুবু নৌরিবা নাহারোলশিংগী খঙনবুনা অখঙ-অহৈশিংদা চকুনা হংজরবা অমসুং ক্‌ৎলবা লাইরিক খরদগী রাহৈ খরদংগী রাহনথোক পিজবতনি। রাৎহৌরিবা রাহৈশিংগী রাহনথোক অমুক অখঙ-অহৈশিংদা হংজরগা খিজ-হুমজরগা মথংগী খুৎনমদা হাপচবা ঙম্নগী পাঙ্গল পিনবিয়ু।

মৈতৈগী অরিবা লাইরিক্তগী বাঙ্গালি ময়েকা ইথোক্লম্বা লাই-রিক ওইবনা বানানগী মত'ংদা য়াম্না অরাবা অমা ওইরে; হৌজিক মতমগী বানানগা য়েংনরুম্রবদি য়াম্না মরিং-মরাংবা ওইনা থোক্লে। া, ি, ী, ু, ূ, প, ব, ল, র; রাহৈগী অনেম-অরাং, বানানগী চাং পুবা ঙমজখিদবা অসিগীমক ঙাকপিয়ু।

লাইরিক অসিবু কোংদোক্লবা হোৎনবদা ঐগী মুংশিরবা ইয়াম্বা শ্রী চোংথামচা ঙাম্বা ( জয় ), নাগা মপাল, পাবুঙ শ্রী চনম্বম বীরহরী উরিপোক, খোইস্নাম লৈকাই; ওঝা শ্রী য়ুম্নাম তম্ফাজাও, কৈশামপাৎ; ওঝা শ্রী খিরাম নরেন্দ্র সিংহ, উরিপোক য়েন্নান লৈকাই; ওঝা

শ্রীগৌশ্রাইজম রুহিনীকুমার, মোইরাংথোম; ওঝা ডাঃ এম, কীর্ত্তি সিংহ; ওঝা ময়ায়া মমল য়াম্লবা পাওতাক কয়া পিবিরকপদগী লাইথিক অসি কোংদোকচবা ওম্বগি পাঙ্গল লৈজবনি। ওঝা শিংগী মফমদা হন্দক মপোক্কি শিংবা ওয়েরোইদবা লমন তোনশিল্লয়ে।

লাইরিক অসিগী মখুম য়েকপিবা কলাকার শ্রীরাজকুমার চন্দ্রজিৎ সিংহ( আর,-কে, ,সি, এস, চিত্রালায়া ) অমস্থং কলকত্তাদা মখুমগী ব্লোক শাবিরকপা মরূপ শ্রীসলাম শুনিল সিংহ, শিংজমৈ ফুয়া মথোং; য়াম্বু অমস্থং মরুপকি মফমদা তৌবিমল থগুবা উচ্চায়।

ভাগ্যবতি কার্য্যালায়, চুড়াচান্দ প্রিন্টিং ব্রাকসকী থবক পুরিরিবা ইচিসশ-ইনাওশিং অমস্থং ইচে—ইচলশিংনা লাইরিক অসিবু অতেল্বা মতমদা ছাপা তৌবিহুনা লৈবাক খ্বাইগী মাংদা পুথোকচবা ওমজবা অসিগীদমক হন্না হন্না থাগৎচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিবু ছাপা তৌহনা ময়ামগী মফমদা থুদোল ওমজবা ওম্ববগীদমক মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমি না শেলগী মতেং পিব্বিগীদমক লোইশং অসিগী থৌবুয়েল অমদি লোইশং অসিবু পুবিরিবা ইবুঙো ইবেম্মাশিংগী মফমদা ইকাইখুম্নবা উচ্চরি।

হিয়াঙ্গৈ থানিল
নোংমাইজিং, তা ২০। ১১। ৮৩ ইং

লেংজবা
থিংবাইজমচা টুতেশ্বর

# ৱিষয় লামায়

# কেগে হারেপ্পা ঙাঙোই লৈশেম্বা

## ( মোইরাং নিংথৌরোল' শৈ )



* লাইনিংথৌ থাংচিঙবু
ইথুং অমমানা থুরম্মা ইজরকে.
মোইরাংগী নিংথৌরোলবু ইজরকে.
হয়া হে. হে খোয়ুম লাইনিংথৌ
কেগে থাংচিঙ লাইমরা সিদববুন্নং থুরমজরকে.
কেগে হান্না থুন্তাবা থোংলেম হান্নিংথোইচা অম্বিববুন্নং থুরমজরকে৹
ঙাঙোই লৈপাক ঙান্নবা মোইরাং য়াংথোংচাম্বাবুন্নং থুরমজরকে৹
হুবা কোকতাও৹ হম্রু লাইথম৹ কবুই তোম্বা অহম্মাপুন্নং থুরমজরকে ॥

## * খোন্নিকাবা

১

নায়ুং থাংচিঙ লাইময়ুম সিদবা খোয়ুম য়াইপি পালোইতাবা
মুংবি সিদবা ফুরুংমা তুম্নাং দারবা খুননাবা
পামেল উথবালবু নমঙানাবা লাইয়িংথৌনা
কেগে হারেপকে 'ঙাঙোই লৈশেমকে হাইনা"
খোয়ুম পাইমা উনকোইমুংতা নিংলাপাকি
ঙৈবাং কোয়ৌ নোংমতোম্তকি য়াদোলাই তোং
চকথাং য়ারোংকাল মৈপুল হাইচাও থাল
চয়ে কোংথাংফি নিংথৌ ফি শাইচোলপাপু লিংনা
লৈসং লৈঙৌ খারাম্নানা কেগে থাংচিঙ চিঙচাও ইন
নোংতোল কৈরাপ মরিল ইন ঙাংখা খুলয়াই থাইনা
খোয়ুম তিনপি. তিম্থক্তা চিংমারাপা য়াতোনথোংনা
ঙাঙোই লৈশেমকে কেগে হাহেপকে হাইবকি।
কোয়ৌ মুমিং † মঙানি ঙাঙোই লৈশেম্পা লৌইরপতা-
কোয়ৌ নোংমতোলথক্তা থিংলৌ নিংন তেনা ছলাম্বাইথিরপাঅং ॥

---

* সোয়ারেনগি মচানিপা খোন্নিকাবা খৃষ্টগী মমাং চহি ৭৮৭০ দা কেগেদা পানথিবা নিংথৌনি। নিংথৌ অসিনা হুইমুলেমাবু হৈবাইমচুনা ২ খ্বাংঅহম্বা পোকএ। খ্বাংঅহম্বানা মঙাং নিংথৌ চমু পামচুনা ৩ খ্বাংলাংমৈরেম্বা পোকএ। খ্বাংলাংমৈরেম্বানা মঙাং নিংথৌ চমু পামচুনা ৪ খ্বাং পোকএ। খ্বাংনা য়াইপিলৈমা পামচুনা ৫ খ্বাংমিংনাবা পোকএ। খ্বাংমিংনাবানা মঙাং নিংথৌ চমু পামচুনা ৬ খ্বাং য়াইরেল পোকএ। খ্বাং য়াইরেলনা য়াইপিলৈমা পামচুনা ৭ খ্বাংনে পোকএ। খ্বাংনেনা য়াইপিলৈমা পামচুনা ৮ অমুকমচাওবা পোকএ। অমুকমচাওবানা মঙাং নিংথৌ চমু পামচুনা ৯ অমুহেহিং পোকএ। অমুহেহিংনা ঙাচু পামচুনা ১০ লাংমৈ পোকএ। লাংমৈনা ঙাচু পামচুনা ১১ মুবা পোকএ। মুবানা ঙাচু পামচুনা ১২ খারেকপা পোকএ, মাগি ইং:দি ১ হাওরোংবয়ে, ২ কোচেবয়ে, ৩ আকুয়ামে অমচুং ৪ লিসয়ে। নিংথৌশিং অসিনা খৃষ্টগী মমাং চহি ৬৮৭০ কাওবা চহি ১০০০ পালম্মি।

† লাইপি চহি ১০০০ গা মীপী নোংমগা মাটৈ।

## ১. খোংচিং চিং

খোয়ুম উনবি লৈনা শিংশিংখুনা
নায়ু রোইচাথা থুনপি শনাইহনপি লৈমখলম ওাংশাবি লৈন্নম রোইচাথা
মোইরাং হান্না হাথরকপি থোইনোম পাইমা ঙ্গা চিংচাকাইরকি
নায়ুঃ লাইরিংখৌ পনম পিথিরাপালা
কেগেতা থুনভাকে মোইরাংতা থুরেপকে হাইরক্তি
খোয়ুম লাই ফমখৌ মাপলমাকা লাই খুন্না তরেংমাচেন
খোয়ুম মহিংশাং পেনেনে° পেঙাকেনে° ইপুরেতে° ইমাইকেতে°
মুঙাপাকে° মুঙাচেনে° ইলকাচেনে° লোঙাচেনে°
রান্দৌবনে° রাঙৌবনে° রামুবনে° চরিশংবিনে° অঙুরোকে।১

মহৈ।

১ খৃষ্টগী মমাং চহি ২৮৮দগী ২১৫ কাওবা পানখিবা নিংথৌনি। মমাংগী নিংথৌরোলদি অয়ংবনা লৈন্নও হিকাপ্পি পান্নহুনা ২ তুমাহাবা পোকএ। তুমাহাবানা চিপি পান্নহুনা ৩ মুঙমু পোকএ। মুঙমুনা চিংখুলৈমা পান্নহুনা ৪ কুরুয়েন মৈনাইহবা পোকএ। কুরুয়েন মৈনাইহবানা লৈফুরেল চন্নু পান্নহুনা ৫ য়ুচেং পোকএ। য়ুচেংনা লৈচিক্রেন চন্নু পান্নহুনা ৬ য়ুকৌরেল পোকএ। য়ুকৌরেলনা লৈথয়েন চন্নু পান্নহুনা ৭ স্নাখিংখিংলাংবা পোকএ। স্নাখিংখিংলাংবনা লৈন্নও য়ুপুরোই চন্নু পান্নহুনা ৮ হেপুকংচিকপা ওাংচেং লৈতকপা পোকএ। হেপুকংচিকপা ওাংচেংলৈতকপনা লৈন্নও য়ুনাওরোই চন্নু পান্নহুনা ৯ উরেলহম্বা পোকএ। উরেলহম্বানা লৈন্নও য়ুচাথা চন্নু ওাংশাবি পান্নহুনা ওাংকুম্বোকা ওাংনিংসিংগা অনি পোকএ। নিংথৌশিং অসিনা খৃষ্টগী মমাং চহি ৯০৭ তগি ২৮৮ কাওবা পানখি।

মকুয়াৎনে• মকুবোইনাইনে• লাংছেংলোয়ে• লাংছেংলোইনাইনে
তারাজরেং অসিকা গুগ লাই কুম্যাহুমদোই অসিকা ভাইরোইনরতুনা।
কোয়ো নোংলাংপালতাকি মাদোলাই জোং
মোই থাই রেনথা পাপাদি মাতোংলেন থাল
চলথাং অয়োং কাল মৈপুল হাইতৌ থাল
চয়ে কোংথাংকি নিংথৌকি শাইতোনপাপু লিংলজুনা
লোইতাম শজিবু থাকি মাকমৈ তয়ামিথোইনি পানপা
কোয়ো হুবিং লমোইচিংকি খেলেম পুজোই অকপতা
থাংচিঙ চিঙমৈ মরিন চম ভাংখা ময়াই থায়
নৈতারেং মকাইকম য়াংবা ময়েনেংতা
মুংতাই য়াইপি মমান কাইবা
কেপে খুম্বিয়ে মোইয়াং খুয়েপ্পে হাইদবরা।'

### ২ হামবাল য়োইমচং অতেংবা

অহূ মৈনা রাই তাংনা শম লৌবদি
খোয়ুম ঙাংনিংসিং অতেংবানা
নায়ু ঙান্নয়োল রাইরৈমা
খোংঙাই রায়েনচুম্বি পান্নাতুনা
হানবাল য়োইমচং অতেংবা পোকএ
নিংথৌ ওইএ ॥

### ৩ কাংলিল্লাং

হামবাল য়োইমচং অতেংবাবা
নায়ু ঙান্নয়োল সংলৈমা পান্নাতুনা
কাংলিল্লাং পোকএ
নিংথৌ ওইএ ॥

### ৪ য়োরেম্বা

কাংলিল্লাংনা
নায়ু ঙান্নয়োল থান্নাইম্নু পান্নাতুনা
য়োরেম্বা পোকএ
নিংথৌ ওইএ ॥

### ৫ নারোং

য়োরেম্বানা
নায়ু ঙান্নয়োল লিরাইম্নু পান্নাতুনা
নারোং পোকএ
নিংথৌ ওইএ ॥

---

২ খৃষ্টগী মমাং চহি ২১৫-১৮৬, চহি ২৯ পানখি।
৩ খৃষ্টগী মমাং চহি ১৮৬-১১৪, চহি ৭২ পানখি।
৪ খৃষ্টগী মমাং চহি ১১৪-৮৫, চহি ২৯ পানখি।
৫ খৃষ্টগী মমাং চহি ৮৫-৬৭, চহি ১৮ পানখি।

### ৬ ময়াম্বা

নারোংনা

নায়ু ভান্নুরোল রাহোইনু পান্নাভুনা
ময়াম্বা পোকএ
নিংথৌ ওইএ ॥

### ৭ সুন্নুচা

ময়াম্বানা

নায়ু ভান্নুরোল হৈরিক্‌ পান্নাভুনা
সুন্নুচা পোকএ
সুন্নুচামা নিংথৌ ওইএ ।

৭.১

তরেৎ মক অসিদি
লাইদ লাইনা নিংথৌ ওইপানি ।

৭.২

---

৬ খুটগী মমাং চহি ৬৭-৮৩, চহি ১৭ পানবি ।
৭ খুটগী মমাং চহি ৫০গী মথংগী চহি ১১, চহি ৬৪ পানবি

## ৮ কাংকাং পোংলেনহৎবা

লাই পুম্নমানা মী শেমগে হাইনা নিংজাতুনা
খোম্নুম লাইমিংনবা মমুতাদা নোপাজেলন মৈরা তপাজেংদ্রি প'ক্লাতুনা
ইঙাং ভাঙোই কাংকাং পোংলেনহৎবা পোকএ নিংথৌ ওইএ।

৮.১

ইঙাং ভাঙোই পুখিক্লাই কাংকাং পোংলেনহৎবদি
মতাইরেম কেগে খুল কমথোঁ মঙাইরোই
নিংথৌ মহিশাং সাম্নু লেংকম্পা
কৈরা তানতাওপা অখম মীপোকপা
অথৌলিচা হেপ্পা পুম্নমাকা ঙাইরোইনরভুনা
হাওরৈ নোংচুপ লাইনা পাংপালম
হাওরেং মশাইকোত্তা হেৎবল লাত্তাখিএ।

৮.২

চুংলেন ওক্তা হুক টিমেল তামাই চিং
জায়রা শেঙম খোং লিরি খেমচেং তিং
লাকা তেনমৈ লাক খিজিং নাকোং কং
তেমপি খোইপাই তম্না থাওলেম খেম্নাংথাংনা পম্বেংপেদি
লোইবি মপুং অক হেম্পা থাংজেং খুন্নং
পুখিক্লাই মথিক্লাই ইঙাং মৈনা ওহমা খোশাবদি
হেৎবল লাম্নিগিদি হাওরেলকাইনা নিংথৌ
হাওজেং হাওতহকোক সাজম্পান্নু কাইনা হল্লে।

৮.৩

---

৮ খুন্টঙী চাহি ১১-৯১

ইবাং পুরিক্লাই হাওরেং লাত্নপদি
মতাইরেম থায়াঙ কোত্তাইরোনপা পুন্নামাকা ঙাইরোইননা
কেগে মপুংয়াইদা মুংঙাই মরানকাইনা
ঙাঙোই মচিহেম ইবাং মন্নাইলাংনা হলবাইরক্রে ।

৮.৪

কেগে কংলা তোংশা য়াংদা মুংঙাই মরানকাইনা পাল্লিং
ইবাং পুরিক্লাই থায়াঙ মথৌমন্দি অসিন্নং মাতোমতে
হাওরে নোংপোকলা পাংপালম মত্তাইরেম কমথৌ মত্তাইরোই
নিংথৌ মচিশাং অথৌলিচা হেপ্পা পুন্নমাপু ঙাইরোইননা
থাজা মপুংয়াইদা হেবল লামতাখিএ ।

৮.৫

চুংলেন ঙক্তা হক টিমেল তামাই চিং
থাংলেন খেয়াং থাং তেনপি খোইপাইতম্না পম্লেংপাদি
থাজা মপুং তাক মৈবি তাঙোই পাইনা পম্লেংলে
ইবাং পুরিক্লাই ঙাঙোহ মচুংশেম ইবাং মৈনা ওংনা খৌশাবাদি
থাঙ্গা হাওরকোক অথৌপপু কাইনা হল্লেং
ইবাং পুরিক্লাইদি থালৈ তেংপাক তৌনা লোইখোম ঙক্রিশেবু শম্না
কোংয়াং উরোং খিম্না থাজা তম্না থুল্লিংঙম্মে

৮.৬

ইবাং পুরিক্লাইদি মতাইরেম পুন্নামাকা ঙাইরোইননা
কেগে মপুংয়াইতা ঙাঙোই মচি হেপ্পা হলবাইরক্লেং
ইবাং থায়াঙ মথৌমন্দি অসিন্নং মতোমতে
হাওরে নোংচুপ থাজা পাংপালমক্তা মতাইরেম থায়াঙ কোত্তাইরোনপা
কেগে অথৌলিচা হেপ্পা পুন্নামাকা ঙাইরোইননা
লোইরেত্তোয়া থুলখোক্লম লৈবাওতাখিনা থুলকায়ম
থায়ম মপুংয়াই লাংচে মনাইকোত্তা

চুংলেন ভক্তা হুক থাগুলেন খেরাং থাং
রাররা তেনকাপ থোইনা পঙ্গেংবদি খারম মপুং ভাক্লে ।

৮.৭.

ইরাং মৈনা ওংনা খোশাবদি খারম লাংচেং অথৌবৰু কাইনা হুল্লে
খারম মপুংরাইকি খালৈ তেংপাক তৌনা
লোইখোম ঔত্রি শক্লা খারম তম্না লোইচল্লকা
ইরাং পুরিক্লাইদি কেগে মপুংয়াইদা মতাইরেম পুন্নামাকা ভাই.রাইননা
ভাঙোই মচি হেন্না হলরাইরক্লে
খারম লাংতেং অথৌবদি কংলা তোংনা য়াংদা হেলল লালচল্লে ।

৮.৮

ইরাং পুরিক্লাই ভাঙোই চুংশেন মরালওন্দি অসিন্নুং মতোমতে
কেগে অথৌলিচা হেপ্পা থায়াং কোত্তাইরোনপা পুন্নামাপু ভ.ইরোইননা
কেগে মরাং হো ইরাং মথিনাই হাওরৈ অরাং লাইনা পাংপালম
চকপরম লোইমোম ফৌরোইপি খোইনৌ মতা তরুক্লা
রাংচিং হাওকোলকম চন্নু ইভেল মুরাপি পাথি লমতংনপি
হাঁউনা তোম্নেকাপি কোলৈমা কোলাংনু
থাংই খোংচালোংপা মমোমলেন লেমলৈ ডারা ভাইরোইপি
খোইনৌ মতা তরুম্লানা য়াংলৌ লম্বিন্নুং অনি শ্রুই
মরোং মরোং থররম্বে হাইবগি
লমলেন লমলোংকৈও তৌনা কৌএং
মশাবি নোংপাল খাপুম য়ুমরোইচাম্পা
খালৈ লৌরেন য়াই লোইমোম কৌপৈ তম্না লমতনরাই
লোইমোম কৌরোইপিনা নোংকালম লয়েন লয়োংকৈ অচৌপপু
নোংপাল খাবুংয়াইবু মালেম তেংপাক তৌ
কোংরাং উয়োং থিন্না লোইখোম ঔত্রি শক্লা খারম লোইচম্লং

ইরাং পুরিক্লাই পোংলেনহৱদি
মতাইরেম থায়াং কোন্তাইরোনপা পুম্নামাকা ঙাইরোইননা
কেগে মপুংয়াইডা ঙাঙোই মচি হেম্না হলরাইরক্রে ।

৮.৯

ইরাং পুরিক্লাই ফাংকাং পোংলেনহৱদি কংলা ভোংনা য়াংদা
ফমথৌ মঙাইরোই নিংথৌ মহিশাং পুম্নামাকা
থাবা লিক লেংপকুম কেগে মনিন নাই
ঙাঙোই মরাং হৌনা মোইরাং লৈকাই নিপালমা
ঙাংলৌ ঙাংথ০ খোয়োলশেংলৌ০ তুমলৌখোং০ ওকচিল্লাখোং০
হিগাফালৌ০ চেংলৈখোইনাই০ য়াঙস্থূলতোল০ খুয়োলখামপী
মোইরাং লৈকাই নিপালমা মনিন নাই
কৈথেল মাপল কা চেংকৈদি তরেৎ থিল
য়াঙ্গাই শামু সায়াম লোইনা পাল্লে
কেগে য়ুম্নাক লিশিং অমা চা তরেৎ হুন্ফু মাথোই শুনা পাল্লে।

৮.১০

ইরাং পুরিক্লাই পোংলেনহৱদি মতাইরেম ফমথৌ মঙাইরোই
নিংথৌ মহিশাং পুম্নামাকা ঙাইরোইননা
* চহি নিঙ্ফুনিপাল পাঙ্গল্লপকি মতমতা
কেগে শাংমাপা ঙাঙোই খুল্লিংলকপা
চিঙঙু খোয়ুম লাইয়িংথৌ থাংচিঙ লাইমরু সিদবানা
তিলাং মখোইশাওনা নিংথনখিএ ।

৮.১১

ইনোংয়াই নমু পোংলেনহৱা অসিনা
চিঙঙু ঐবু থৌকাওরে খোয়ুম ইতিক খঙতরে
চিঙঙু ইতিক অচৌপপু খঙহনকে হাইনা নিংখল্লবকি

---

* খৃষ্টীয় চহি ৫৯ ।

অহিং ইনুং সোইয়াইমাতা খোয়ুম ম্লাখংলোই তরেৎমাপু শালোল্লতুনা
কেগে নিত্তুম নিল খোয়ুম ম্লাব্লা খোনচেল থোক্লা
ঙাঙোই নৈখোংপু কাইহুল্লে।

৮.১২

ইরাং ফাংকাং পোংলেনহম্বনা চেংলৌ মিকপ থোক্লক্লপতা
মতাইরেম কমথৌ মঙাইরোই নিংথৌ মহিশাংপু
পাওকোৌখৎলতুনা পাওমেল্লকই০ তয়মশিংও অহিং ইনুং সোইয়াইমতা
কেগে নিত্তুম নিলবা অসিবু নমু মিলিংচেল ফাওবা
শজিফু নৈখুন তৌবা মিরেন পাবোৎ লোনপাতুম রোইগ্লামাল্লে
তয়মশিংও নমু মিলিংচেল কত্তবা অসিবু
কেগে ঐকী মিহাৎকম মোইরাং ঐকী মিতুকম
লাংঙোই শরিকথেক্লা নোংমলহল্লো০ ছাইনা থৌসিখিপপু
নমু মিলিংচেল ফত্তবদি রোইরমতরে
খোয়ুম লাইনা মালেম নৈখোংতুম কাইহল্লম্মে।

৮.১৩

মতাইরেমশিংনা ইরাং স্নাখুয়াখাদা পাওহনচখিএ
ইরাং পুরিক্লাইও নমু মিলিংচেল কত্তবদি রোইরমত্তে
খোয়ুম লাইনা মালেম নৈখোংতুম কাইহুল্লম্মে
হাইনা সমু থাংচপ্পনা পাওতমচখিরপতা
ইরাং পুরিক্লাইনা মতাইরেম অমাই চামানা পোংপৈশং
অশে চামানা ম্লাকাশং য়োইবেনশং ন'মুং অতেংশং কুংখাশিংও
কেগে নৈখোং কাইরে ছাইনা নাত্তা তারে
কেগে নৈরেপও ঙাঙোই নৈতাইও কোরৌ নোংতুও
হাইনা পাওতাক রাপু মতাইরেম অমাইপা অমাইপিশিংকি
কোরৌ নোংতুবা মালেম নৈতাইপপু ঙমত্রপকি৹
তয়মশিংও মোইরাং নৈতাইপপু ঙমকত্তপপু কনা নৈপনো

পাওহংলকপপু মতাইরেমশিংনা. ইরাং পুরিক্লাইও
নতাইরেম মোরি লৌশিংপপু ঙমকাপরা খঙঙমতে
হাইনা হংকৎচরপতা. তয়মশিংও মোরি লৌসিংপপু
অচেং খোংলৈয়াংনা চেন্তুনা পাও কৌখৎলো হাইপক্কি
মোরি লৌসিংপদি খালে লৌকুমখিরপক্কি.
ইয়ুম কেগেনা অচেনপপু অপাইবা হাইনা কৌএ
অহুনোংকিপু মোরি পাইরৌও তৌনা কৌএ।

৮.১৪

ইরাং পুরিক্লাইনা. তয়ম মোরি লৌসিংপাও
মোইরাং লৈশোং কাইরে ঙাঙোই লৈতাইও কোরৌ নোংতুও
হাইরকপতা. নতাইরেম ঐবু কোরৌ নোংতুবা মালেম লৈতাইপপু
ঙম্লোইকতপারা খঙঙমতে হাইনা পাওথুম্নপতা
ইরাং পুরিক্লাইনা. তয়ম মোরি লৌশিংপাও
মোইরাং লৈতাইপা ঙমত্রপদি থাংলেন কোমসৎনরকে হাইরপকি
মোরি লৌসিংপদি হেঙঙাই মপাওচাওনা হাইচখি
ইরাং পুরিক্লাইও নতাইরেম ঐবু অমুক্তা
চিঙঙু লাইখোং থিজরুথিগে হাইচখি.
তরমও অচেং খোংলৈয়াংনা চৎলু হাইপিখিএ।

৮.১৫

মোরি লৌসিংপনা চেংথৈ চেন্নে. চেংঙৈ কৌএ.
মোরি লৌসিংপদি হেঙঙাই মপাওচাওনা লেপ্পা
খোয়ুম কদাইরমন্তা ইত্তানখিপনো হাইনা
কৌরমই হাইপগি মোরি লেপ্পচিঙও কৌএ।
মোরিনা হেঙঙাই মপাওচাওনা মিকপ্পপু.

৮.১৬

খোয়ুম য়াখংলোই তরেংনা না-তারাপকি হন্না য়েংলম্মি।
কেগেনা হন্না য়েংলম্পপু খোংনা য়েংপা কৌএ
অতুন্নোংকিপু কোমচিঙও ভৌনা কৌএ ।

৮.৭

খোয়ুম য়াখংলোই তরেংনা ইভাইরেম মোরি লৌসিংপাও
করিকি হেঙভাই নপাও চাওরিপনো হাইনা পাওহংলকপপু
মোরি লৌসিংপনা খুবাং চাংচৌ তন্নামানা
চাংচৌ চেপ্পা লোন্না হাইচখি
নভাইরেম এবু কেগে ইনিংথৌ ইরাং পুঙিল্লাইনা
মোইরাং লৈখোং কাইপপু মালেম লৈতাইয়ো হাই
মালেম লৈতাইপা ভমত্রপাদ থাঙলেন কোমশংনকে হাইরে
চিঙভ নথোচান্না মোইরাং লৈতাইরাপু তাকপিয়ো হাইচখি
মোরি মপাও তারপতা খোয়ুম লাইনা। মোরি লৌসিংপাও
কেগে লৈতাইরাদি তাকপিকে হাইনা মোইরাং লৈতাইরাপু তাকপিএ।

৮.১৮

তন্নমও কেগে চাওনপা মোইরাং শাংনপা
কেগে নপালাই মোইরাং নপুলাইবু চিঙভ লাইথিয়ো
কেগে মচেৎ মানা মুমিৎ খোক্লু লাৎলু
মোইরাং মচেৎ মানা লৈচিন নোংফাই তাইউ
ভাঙোই মচেৎ মানা হিপুং য়াইপু লাৎলু
কেগে মচেৎ মানা লৌকু লৌকা লাৎলো
মোইরাং মচেৎ মানা খুয়োল তেপি তেশা লাৎলো
ভাঙোই মচেৎ মানা তুপু লুম্পু লাৎলো
কেগে মচেৎ মানা হিকা কানৌ তাইরো
মোইরাং মচেৎ মানা উকম উকাই তাইয়ো

ঙাঙোই মচেং মানা কোরেক হাইখোং তেংও
কেগে পুম্না তিম্না সাপল লমথোকও কোলৌ লময়েংও
থাংকারক ফুম তোংও করাং থেঙ্কাও হৈম্ন য়ুতংও কুরাক লমতাইও।

৮.১৯

নয়ুম কেগেনা নমু মিম্নাম তিনপপু খাংচেং পোংপৈ কৌএ
চৈশিং করা রারক্লে হাইবকি চৈককপুঙ
চৈনা লাকই হাইবকি চৈরাপ-ও কৌএ
কেগে নঙ্গি খাংচেং চৈককপুঙদা কেগে শাংমাপা
মোইরাং পোকমাপা খোয়ুম থাংচিঙ লাইনচিংপা
উমংলাই মাপলমা লাইমুরা তরেৎ মাম্নুং কমতেং-ও
অমাম্নুং কেগে নানিংথৌনচিংপা ফমথৌ মঙাইরোই নিংথৌ মহিশাং
কেগে খুম্নকচা পোইরৌ ঙাইপা ম্না চিনপাম্নুং তরামঙা
মোইরাং শেলৈ ঙাইপা খুনখাচা তরামঙা
লাংমৈ লাংচৌ থেৎপাম্নুং তরামঙা
পোংতু লৈখাম থেৎপাম্নুং তরামঙা
খুভাং য়াইসি লোনপাম্নুং তরামঙা
এম্ন খোক্রোই থেৎপাম্নুং তরামঙা
শুম্না কেগে নিংথৌরোই
লিশিং অমা চাতরেৎ হুম্ফুমাথোই মুপাম্নুং
পুম্না তিম্না হৈক্রু হিতোংও
লোক্তাক ইরাইঙাম্না থাংকারক ফুমতোংও করাং থেঙ্কাও
হাইনা খোয়ুম মপাও মেলপু কেগে মনিংথৌতা
চাংচৌ চেপ্পা লোম্না পাওহংকচ্ছখিএ।

৮.২০

মোরি মপাও তারপাতা
ফমথৌ মঙাইরোই নিংথৌ মহিশাংশিংতা পাওমেন্নকএ

ইভাইয়েমশিংও তয়ম মোরি লৌশিংপাকি
খোয়ুম মপাওভাকপু শোইকরোই হাইনা মভাইরেম কেগে পুম্নভিন
ভাঙোই মরাংহৌমা খোয়ুম লাইথোং শিন্নে ।

৮.২১

মভাইরেম মোরি লৌসিংপানা কোরৌ নোংভুরে মালেম লৈভাইমে
মভাইরেম অমাইপানা লাইকি মরি থী
কোরৌ নোংতং মাইপীনা নেংকি মরিক পাই
তরেৎ শেকাং য়ৈ রাংলেন মরাং হৌনা
হরাও মথোইতোংনা করা, থেঙ্গারে থাংকারক ফুমতোংলে
সাপল লমথোক্লে কোলৌ লময়েংলে হৈক্রু হিতোংলে ।

৮.২২

খোয়ুম লাইথোং শোইভনা শিলপাভা
কেগে চ'ওপকি মথক্তা কেগে থোইনা চাওরে
মোইরাং শাংপকি মথক্তা ভাঙোই থোইনা শাংলে
লেক্তাক থারা শা মাওবি ফোপচল হানা
কেগে ভাংখ হিরৈভবনা সমু খোংনা চংনা খামপী মৈরৌনৈএ
থাওচিও চিঙমাই হোংনা থুল তাইএ ।

৮.২৩

ইরাং পুরিক্লাই কাংকাং পোংলেনহম্বদি মভাইরেমশিংকা
সুংভাই য়াইপি মরানকাইনা চহি মরিফু পাল্লমে
ইরাং কাংকাং পোংলেনহম্বদি চোইনৌ স্নামিংহুনকিপু চুনাবমে ।

## ৯ তেলহৈবা

ইরাং পোংলেনহৎনা খয়োরোল মেনতোমন্নু পাম্নতুনা
পাইমা স্নালিনকোইগি নাওনৌকবা
ইরাং পুরিক্লাই তেলহৈবা ও তৌনা কৌএ।

৯.১

ইরাং পুরিক্লাই তেলহৈবদি হাওরৈ খানা পাংপালমতা খৌশাপানে.
ইরাং পুরিক্লাই তেলহৈবদি মভাইরেন কেগে অথৌলিচা হেপ্পা
থায়াং কোন্তাইরোনপা পুন্নামাপু ভাইরোইননা
চুংলেন থকুপ হৌ টিমেল তামাই চিং থাংলেন খেয়াং থাংনা
মেংবা লোইকেম্পা ককয়েল লান্তবা সৌরাল খোংকল্লম
লোইপি নুংতেক য়াইভা হেল্ল লান্তাথিএ
লোইপি মচিঙকা হেম্পা পম্হোং হাং লোইপি খুলয়াই থাই
নুংতেক মীয়াম চাই খারম পাক্লা ভাইনা পুরিক্লাই থায়াং মথৌমলতু
থিংগু নথিনাইনা ইরাং মরাং হৌনা খৌশাবদি হেল্ল লাম্নিকিদি
লোইপি মনিংথৌ নুংপুনাই লাম্হৌয়াংপু কাইনা হুল্লে
পুরিক্লাই খারম লান্তাপদি মভাইরেম অথৌলিচা হেপ্পা
থয়াং কোন্তাইরোনপা পুন্নামাকা ভাইরোইননা
খারম তন্না লোইচল্লমাকা কোয়াং হেল্ল লালহুইচৈবু খুত্তা স্নুনা
থিংলৌ নিংনা তেনা কেগে চেংচা মুলোইবিদা হেল্ল লালচল্লে।

৯.২

ইরাং পুরিক্লাই খারম লান্তাপা রায়রা তেনকাপ পাচুম্পা
লোইপি নুংপুনাই লোল্হৌয়াংপু কাইনা হুল্লে।
লোইপি নুংপুনাই অথৌববু কংলা তোংনা য়াংদা
হেল্ল লাম্নিং চবদি মভাইরেমশিঙ্গা নুংভাই য়াইপি মরান কাইনা
চহি নিফুমাপল পায়ল্লে
ইরাং পুরিক্লাই তেলহৈবদি চোইনৌ স্নামিংহুনকিপু চুনাবল্লে।

৯.৩

---

৯ খুইগী চহি ৯১-১৪০

## ১০ লাইকা অঙেংম্ন

পুরিল্লাই তেলহৈবনা লাইবালৈমা কোংভিংম্ন পান্নাভুনা
ইবাং ঙাঙোই পুরিল্লাই লাইকা অঙেংম্ন পোকএ।

১০.১

পুরিল্লাই থায়াং মথৌমন ঙাঙোই চুংশেন মরানওন্দি
হাওরৈ নোংচুপ পাংপালম মভাইরেম অথৌল্চিা হেল্লা
থারাং কোত্তাইরোনপশিংগা ঙাইরোইননা চুংলেন ঙক্তা হক
টিমেল তামাই চিং থাংলেন খেয়াং থাংনা হেবল লাত্তাখিএ।

১০.২

লাইরেল ঙাঙোই য়োইমোংবগা মশানৌ য়োইহৈতোন তাওথিংমাঙ্গা
ওমওরুবা মরমথৈ লিলোং শাহৌ পাৎপু কৈনা সম
তান্না লমদোংপাল লমনুংশি কৌবদি কদৌনোংগীনো
মথংলেন খুমুয়োল অয়াংববু মশানৌ ঙাংখবম নিংঙোম্বিনা
লুরাই কোইরেলথক্তগী লুথোং থয়োইপুববু
মালং অহম্বানা লাইজা ইংদা হুম্থিএ
থংলেন খুমুয়োল অয়াংবাও খন্না লৌথৎপিয়ু হাইনা পাওমেল্লবগি
মথংলেন্দি টিমেল মথূৎস্নুনা লাইজাঅহকপন্না ইমু অপাবন্না তম্নে
অহুনোঙ্গিবু ইতম চৎথোকপাল য়াম্না লমতোংখিও লতোনা কৌএ।

১০.৩

য়াম্না ইতম চৎথোকপালবু কান্না চোং
লৈমা লৈনাওতাবিনা পাকোল খুয়ৌতনা হলরাইলম
মশানৌ চিংথোঙ পোইরৈতোম্না য়োৎকি চৈঙ মথূৎস্নুনা
মালেম লৈদা মুনা নোংথোইচিঙ হেম্পা রাবাচিঙবু নাংতননা
তরুং মপুংয়াইদা হেম্পা পম্বোং হাং লোইপি খুলয়াই শাই
থাংলেন খেয়াংথাংনা রায়না তেলকাপ থোইনা পম্বেংবদি

১০ খৃষ্টগী চহি ১৪০–১৯১

লোইপি মপুং তাক্লে৹ইরাং পুরিক্লাইদি চুংলেন ঙক্তা হুক
টিমেল তামাই চিংনা থিংগু মথিনাই ইরাং মৈনা খোঁশাবদি
হেৱল লাম্লিগিদি তাংখুল মনিংথো নুংশল্লাই অথোঁববু কাইনা হুল্লে.
খালৈ তেংপাক তৌনা লম্বুই মপুংয়াইবু কোংয়াং উয়োং খিন্না
ময়োং চুংগা য়ালনা হেৱল তন্না লো৹চল্লম্মে ।

১০.৪

ইরাং পুরিক্লাই লম্বুই লান্দাবদি অসিস্নুং মদোমদে
হাওরৈ নোংচুপ লাইনা পাংবরমতা লোনলোই লৈমাদাক মদাইমা
খুয়োই মপুংয়াই হেম্পা পম্ফোং হাং থাংলেন খেরাং থাং
রায়রা তেলকাপ থোই চুংলেন ঙক্তা হুক
টিমেল তামাই চিং খুয়োই খুলয়াই খাইনা পম্হেংবদি
খুয়োই য়াকাচাইরে ছোংবু পন্দম্নরে
পুরিক্লাই থিংগু মথিনাই ইরাং মরাংহোনা খোঁশাবদি
হেৱল লাম্লিকিদি লোইপি খুয়োই মনিংথো
কাওরেল সনমিংনবা হেৱল তেংশম অথোঁববু কাইনা হুল্লে
নায়ুঃ নিংথো কবুই খুয়ৌ লাম্থবদি লোইপিখুয়োই মপুং য়াইবু
খালৈ তেংপাক তৌনা কোংয়াং উয়ো খিন্না হেৱল লোইচনখিএ ।

১০.৫

ইরাং পুরিক্লাইদি খুয়োই মপুংয়াইবু পাঙতন্না খুল্লিংবিয়ন্নবগা
মতাইরেম কেগে অথোঁলিচা হেপ্পা পুমনামাকা ঙাইয়োইননা
কেগে মপুংয়াইতা থিংলো নিংনা তেনা হনরাইরকএ ।
ইরাং পুরিক্লাইনা কংলা তোংনা য়াংদা কবুই খুয়োই অথোঁবা
তাংখুল লম্বুই নুংশল্লাইবা লাম্থোয়াংবু হেৱল লাম্লিং চল্লেএ ।

১০.৬

ইরাং পুরিক্লাই লাইফাচেং অতেংবদি চোইনৌম্না মিংহনকিপু চুনাবনে
পুন্সি চহি য়াংখৈমাথোই নিংথো ওইনা পাল্লম্মে ।

১০.৭

## ১১ উরাখুন্তাবা

পুরিক্লাই লাইফাচেংনা নরোল মোইরাং লৈমা তম্ফা রাঙ্গোন
নাওরেমতোন পান্নাতুনা তম্ফা পাইমা স্নাউংকোইকি
নাওনৌফবা পুরিক্লাই উরাখুন্তাবাও তৌনা কৌএ।

১১ ১

ইরাং পুরিক্লাই উরাখুন্তাবদি মতাইরেম কেগে অথৌলিচা হেপ্পা
থায়াং কোন্তাইরোনপা পুমনামাকা ঙাইরোইননা
হাওরৈ নোংপোক লাইনা পাংপলম লোকখা মথিনাই
হাও মরাংহৌববু লোকখা ঙানাপে হাওখা থেংনগে হাইবগি
চুংলেন ওক্তা হুক টিমেল তামাই চিং লিরি থমোই তিং
লাকা তেলমৈ লাক রায়রা শেংগম থোং থাংলেন খেরাং থাং
লিরি নাহুম ফংনা হাওখা পম্থোং হাং
লোকখা খুলয়াই খাইনা পম্থংবদি হাওখা য়াকাচাইরে।
ইরাং মৈনা ওংনা খোশাবদি লোকখা মনিংথৌবু কাইনা ছল্লে।
হাওখা মনিম্নাইবদি ইংাং মথোং খাদা লাংহৈ কুমশিং খুদিং
চংনিং পরেং মঙা মঙা লোই হানৈএ।

১১.২

ইরাং পুরিক্লাইদি অতুম্নুং মাদোমদে
হাওরৈ নোংচুপ অরাং লাইনা পাংপলম লম্লেন মদাইমা লুরাং মপুংয়াইদা
মতাইরেম কেগে অথৌলিচা হেপ্পা পুমমাপু ঙাইরোইননা
টিমেল তামাই চিং চুংলেন ওক্তা হুক
লিরি খেনচোং তিং লাকা তেলমৈ লাক্
রায়রা শেংগম থোং লিরি নাহুম ফং
তম্বা মখাচিক্লা রায়রা তেলকাপ থোই
থাংলেন খেরাং থাংমা লাবা পুকচেল মতোল্লোম

১১ খুইগী চহি ১৯১-২৪৬

হরি মিংলেন শোল্‌না মতোম মতোম হেবল লানশোক্লরে৹
লুব্রাং মপুংয়াইগি লুব্রাং লাম্নি অথৌবা পুমনামাঙং
হয়েং সোইনাদ্বা পাম্বোম ক্লোদনা
মতোম মতোম হেবল লানসোক্লববু
লুব্রাং মনিন নাইবদি কেগে মমাং খাংঙমত্রবগি
খোইবু মক্ষম চাইগুপ্পা লুব্রাং য়াকাচাইরে৹
ইব্রাং মৈনা ওংনা খৌশাবদি
মুংপান হাওরোইনাই ভঙৌববু কাইনা হল্লে
ইব্রাং পুরিক্লাইদি লুব্রাং তম্না লোইচল্লম্মে।

১১.৩

ইব্রাং পুরিক্লাইদি মসিস্নুং মদোমদে
নহানথৈগি হাওরৈ নোংপোক খা থংবা লোকখা মপুংয়াইদা
লম্বু থোংঙাই য়াংখুবানা চংনিং পরেং লোই
কীর্বোং চমীল লোইবু লোই থোগে হাইনা লাকপদা
লোকখা নিংথৌ রাইশাবগি মন্নুতালোই মরুপি শংত্রেংঙাইমুবী
শংলৌ মথৌয়াংনা খোইবুং ময়োচাউনা লম্বু থোংঙাইববু
রায়রা শাদয়া হেবল লান্দয়রগে তৌগুম্রববু
চেংলৌ মিংথিংলবগি অচেন খোংলৈ য়াংনা হেবল লানচেম্লক্লে।

১১.৪

কেগে মনিংথৌদা লোকখা মপাও তম্লাবদা
কেগে পুরিক্লাইনা মতাইরেম কমথৌ মঙাইরোই
নিংথৌ মহিশাং পুম্নমাক্তা পাওমেল্লকএ
ভয়মশিংও থোংঙাই লম্বুবু হাওখা লোই থৌবা ঙমদববু
কেগে ঐবু তাংশক্কে ঙাঙোই মিথানদে
লোকখা নেংসে হাওখা থেম্নসে হাইনা রাহম্নবদা
মতাইরেম অথৌলিচা হেপ্পা পুম্নামাদি

